


# CHENGLAKTA KANGLEIPAK

Written By : **Sagolsem Taruni**
Sagolband Mabudhou Mantri Leikai, Imphal



অহানবা ফোঙবাঃ ২০০৫

অফোঙবা ঃ হাওরোকচম প্রেমকুমার

মশীং ঃ ৫০০/-

ফংফম থোকপা ঃ অইবা

---

# ঈখেংলক্তা কংলৈপাকী মরমদা

ইমা তরুনিনা ইবা শৈরেং "ঈখেংলক্তা কংলৈপাক" লাইরিক অসি প্রব ওইনা লৈরীঙৈদা উজহৌই য়াম্না তাঙনা। নীংখিবদা হুনবা লৈতবা, ঙাংখিবা ৱাদগী নাথৈদুনা খক খোঙ থাংখিদবা ইমাগী লিচৎনি। ইমাগী চহিগা থৌনাগা লৈনবা মরীসি ওহোকনা খেম্নে। চহিগী অরুম্বনা পুবদা ৱারবা তাঞ্জা অসিদা ইরৈপাক ইরমদম অসিগীদমক্তা হোৎনবিরীবা, ইবিরিবা মখল মথেল কয়াসে ওহোনা মমল নাইখিদ্রে। নুপীলক্তগী লোয়নসিল্লোনগী লমজেলদা ইমা খাইদেম প্রমোদিনি, যামিনি, বিনোদিনি, তরুনিগী থৌনা কাউবা য়াদনা লৈহৌরগদবনি। পুন্নমক অসিদগী তোঙানবা, অথোয়বা অমদি ইমা তরুনিদা য়াওরি; অহলগী শক্লোনদগী লাপ্না লৈরগা নহাগী ৱাখল খনবা ঙম্মী, থবকসু তৌই, চৎপসু লেপতে, ইবসু লেপতে। ইমাগী থৌনা অসি ঐখোয়না তমজনিঙাইনি। মহাকতি ইন্দিয়াতগী নক্তনা ইন্তরনেসনেলগী থাক্তা Gold medalist অমনি, Social Worker নি।

তোঙান-তোঙানবা মফমগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোন পুবা ঙম্বা ঈশিংগুম ইমা তরুনিনা ঈশৈগী, পুন্সি ৱারীগী, অফাওবা মীওইশিংগী পুন্সি ৱারী ইরম্বদগী মশাগী পুন্সিবু য়েক্তুনা ইরকপসি থাগৎতবা ঙমদে। ইমাগী অকোনবা পোৎথোকসি শৈরেংনি। ঈখেংগী লৌবুক ওইরবা, ঈখেংগী তুরেল চেল্লবা কংলৈপাক অসে পুৱারীগী লমাইদগী অমুক্তং ওইরবসু কংলৈচা ঐখোয়না কনহৌসি হায়বগী পাউজেল য়াওরি। শৈরেং অয়াম্বা ইমালৈপাকপু নুংশিনা থম্মী, করম্না শক্তি পুরক্কনি, করম্না মোমোন মীনোক তমহনগনি হায়বগী ৱাখলনা অয়াম্বনি। শৈরেং অয়াম্বদা "ইমা" হায়বা ৱাহৈসি তেয়না শিজিন্নে। মসিমক্তা ইমাদগী হেন্না মরুওইবা অতোপ্পা তাইবঙসিদা লৈতে, পুন্নামক ইমাগী (নুপীগী) অনিংবা অপাম্বগী মতুংইন্না মালেমসে শক্তি ওইগনি নত্রগা লানবুং ওইগনি হায়বগী ৱামাঙ য়াল্লি। অয়াম্বা শৈরেংশিং ৱাহৈগী খুৎলানথোক, নুংগী ৱাংউল্লোন মান্নবা চৎলি, লোনচনগী মতাংদা অকিবা লৈ। মথংগী পোৎথোকশিংদা চেকশিনবীরক্কনি থাজজে। মীয়ামগী থৌগল মতম শাংনা তৌবীবা ঙম্বা তাইবঙ মপুনা পিনবীসনু।

২০, নবেম্বর ০৫
ইম্ফাল

ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম
ফাওন্দর সেক্রেটরী কলম, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরা

ইনেবেম্মা তরুনীগী ঈখেংলক্তা কংলৈপাক হায়না মীংথোনবা শৈরেং ৪৯ পাজরে ফোংদ্রিবৈঙেগী মমাংদা, নুংঙাই থম্মোয়দা নুংশিবা অমা পোকই। শৈরেং খুদিংমক মমা লৈপাকপু নুংশিবা মাংহন্নীংদবা ঙাইবাক্তানা নম্না ইরম্মী। মতম মতমসিগী চান্নবা শৈরেং ঙাইহাক্তনী। ইনেবেম্মাদি মহৌশাদগী হৌনা ইরগী নুংঙাইজবা মীশক্নী। থাগৎচনিংই ইনেবু থাগৎতবা ঙমদে।

ইনেদি কলমগীসু প্রসিদেন্ট ওইরী কলমবু মানা নুংশিজবদী কয়া য়াম্না নুংশিবগে হায়বদো মানা তৌথোরকপনা কলমনিসনা অদুম খংবা ঙম্মী। ইনেগী ৱাখলদি কলম পাইবা, অমানা মীপুমগী মতেংপাংবনি।

মঃ ওরজীৎকুমার

# বাহৈ খরদং

ঐনা শৈরেং অসি ইজখীবগী মরমদা বাহৈ খরদং মীয়ামদা ফোংদোকচরি। ঐনা ঙসি উরুবা তারুবা মতমদা, মদু অদুম খন্দুনা লৈ অদুগা চেবাং অমদা হেক্তো কলম থমলকই। ফজবা ফাজদবা হায়বা অদুদি ঐ খঙদে, ইনিংই হায়দুনা হেক্তো ইজবনি। ইগে নিংলবদি শৈরেং অদুমা ইবা, লোইদ্রিফাওবা মীনা ঙাংবা তাদে, কৌবা খুম্মুদে। মওং তবা তাদবা অমুক হন্না সুকপা পাদে।

ঐগী লাইব্রিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা ইচা ইনাও পুন্নামক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

শগোলশেম তরুনী

# কৎচবা

নীংতম্বগী লানজংদা ইমা লৈবাককীদমক্তা
থরাইনা পোম্ব ওইখিবা, ওইখ্রিবী
ঈখেংগী লৈমাই থক্তা
মীতৈ লৈমাগী শেংলবা মপারী মমোমশিং
নখোয়গী মফমদা নমা ঐনা
কৎচরি "ঈখেংলক্তা কংলৈপাক" হায়বা
শৈরেং খুজোক অসি মীৎকী পীরাংগা লোইননা
লৌবীয়ুকো অথৌবা অথৌবীশিং, লৎনবীবা লৈতনা
মীতৈ লৈমাগী শেংলবা পারী ইমোমশিং

শগোলশেম তরুনী

# খুৎহিং মমল লৈত্রবা

মীওইবগী পুন্সিবু
তিল কাংগুম্না
করিগীনো নৈহৎপিরিবা
হিংবদা মমল লৈত্রব অমগুম ।

মহৈরোইগী থব্নাই কয়াবু
লোমহন্নখ্রে মনুং মতম চাদনা
চমজরবা মীওই কয়াসু মাংহন্নবীখ্রে
মীনুংশি খঙদবা ডাকুশিংনা ।

তমথিরবা চৎনবী কয়ানা
মীপাইরে মহৈরোই কয়া
মতমগী চৎনবী কয়াসিনা
তমথিবা চৎনবী ওইহন্দুনা
কয়াদা ব্নানা মতম লেঞ্জরী ।

হিংবদা মমল য়াউদ্রে
মীনা মীবু করিগী ওৎলিবা
পুন্সি অসিবু করিগী ব্নাহন্থোক য়াওহন্দ্রীবা
মীনুংশি হায়বদো কদায়দ লৈখ্রবগে ?

ঐসু নংসু অমতনি কো
চপ মান্নবনিকো পুন্নমক
মীওইবা মপোক্ত পোকপনি
চপ মান্নবনি কো মীপুম ।

তোকপীরো মীচম হাৎপা
অচুম্বা লম্বীদা খোঙথাংবীরো
করিগী অদুক পঙথবিরীবনো
ফৎতবা তৌবদগী অফবা তৌবনা ফৈ।

অচুম্বা তৌদুনা
মান্ননা হিংমিন্নসি
তম্লাসি ঐখোয়
অফবা ৱাখল খনবা



# মিকপ থোকলো

হৌরো হৌরো অথৌবা অথৌবীশা
নখোয় লোইনা হৌগৎলো
নীংতম্বগী নুমিৎ থোরকলে
মীনাই য়োলহিং থাদৎলসি
কুইনা মীনাই ওইবা ৱারে
ৱারে ইমা লৈবাক কংলৈপাক
তাদবরনে নখোয়বু ইচাশা
মথৌনা লৈবা ইপা ইপুগী
মীখা পোনবা হৈতবা
ঈগী চাদা নাওদনি,
হৌরো হৌরো মীকপ থোকলোনে
ইমাগী অথৌবা নখোয়বু
নীংতম ফিরাল থেৎলসি ইচাশা।



## অথৌবশিংগী মফমদা

নীংতম্নবগী লানফমদা থৱাইনা পোম্থা ওইখ্রবা
ইরৈপাক ইরমদমগীদমক্তা শিবা কীদবা অথৌবাশিং
নোক্না নোক্ন থৱাই থাখিবা নোংমৈ গুলি মতোন্দা
মণিপুর ইমাগী মপারি অথৌবাশিং
থম্মোয়গী শেংলবা ঈচেন্দগী
মীৎকী পি-মরিক মরিক্কা লোয়ননা
কৎচবা খুদোল খরসে
লৎনবা লৈতনা লৌবীয়ুকো।
ইমাবু পেলহন্নবসু ঙমজদে
নখোয়না উৎল্লমবা থৌনা তাক লি মলেমদা
নীংতম্বগী মীহুল হুল্লী নখোয়দা
হৌজিক হৌজিকমক চেল্লী নখোয়গী ঈনা
অরেপ্পা লৈতনা লৈহৌবী মীতৈশিংগী শিংলীদা
হল্লকখো লমজিংবীরখো মীতৈ পুম্বাবু
তাহন্নবীরমখো অথৌবা নখোয়গী খোল্লাও
নখোয়গী খোলাওনা সোইদনা
ফংলগনি নীংতম্বা থেৎলরনী নীংতম ফিরাল
হনজল্লনি নৌহৌন্না নীংতম্ব।



# পুর্ণিমা থাজাবু উবদা

ফজৈদকো হে পুনিমা থাজও
য়েংবগী পেনবা নাইদেকো
নমাই পাকথোক পাক্লদুনা
নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা
ময়াইদা শমব্রঃ থুংলদুনা
মীপুম খুদিং শুক্নাৎলিবদো
শাবি শানৌ কয়া কয়ানা
নুংশি রারি শানরীদো নঙগী ননাক্তা
য়েংলিদো নংবু মুনা মুনা ।
নঙগী ফজবা মীপুমবু হরাওহনবা
নঙ তনিকো গ্রাহ পুম্নমক্তগী অখোইবা
পুর্ণিমাগী মতমদনা মীপুম খোমজল্লিদো নংনা
পুর্ণিমা মতমদুদদি নঙগী নঙালদা
লাইরিক পাবা য়ারম্মী হে পিনহৈবা পুর্ণিমা থাজা
থাজগী মঙাল কদায়দা লোৎখরে
অসুম অসুম থাপতোকখরেদকো
থাপতোকপা থাপতোকপা ঐখোয়গীতগী থাপতোকপা
চহি খরাগী মতুংদদি থা নঙবু উবা ফংলরোই
খনবদা মিংতা পিরাং সিঙ্গরকলে !



# নিংঙাইদনা লৈথোকপীনু

নিংঙাইদনা লৈথোকপীনু
মীশিং ময়েং নোংম-নোংমগী ময়েংতাই
অশিবগী খায়াৎতা লোইনা চংখি
ঐগী ইচা নৎতে মীগীনী
মথংদা ইচা লাকপা য়াই
কোরৌ নুমিৎ খুদীংগী
অমা নত্রগা অমা
কাপলল্লে তারমলে লংথোক্লমলে
থাব্রায়-মীরেল কয়া কয়া কেমখরে
কাপনবুং হাৎনবুং ওইরে ইমালৈবাক
কয়া কুইনা চৎথখিগনি
লিলা অসি হাৎনবগী
মাইকৈ খুদীং পিরাং
মাইকৈ খুদিং মীপাইবা
অসিরা রিভোলুসন হায়বাদো
হাৎনবা লেপলসি, লোইখিবা তারেদো
লেপলসি কৈদৌগে মীশিং হন্থরকলে
হিংমিন্নসি কৈদৌগে ইংনা-চিক্লা
হাৎনবনা করিসু পুরককলোই অফবা
খন্নসি নৈনসি থিমিন্নসি লম্বেল অফবদো
নিংঙাইদনা লৈথোকপীগনু।



# মীওইবগী মওং লিচৎ

অফবা, অচুম্বা, থম্মোয় শেংবা
অসিনী মীওইবনা চৎকদবা
অদুতনা ওইগনি নুংঙাইবা
খঙসি ঐখোয় ইশানা ইশাবু
অফবা তৌরগা অফাবা ফংগনি
মীওইবনা ঐখোয়বু থাগৎকনী।
অফবা ঙাংবদা মখোয়না শাওসনু
পঙ্থুং য়ৌনবা অদুম চৎখৎলু
হে! মীওইবা ননিং তম্মক্লি
খঙসি ঐখোয় ইশা কনানো
চানিংই হায়দুনা খুৎ অনি থাবা য়াদে
কপনিংই হায়দুনা ও খোংবা য়াদে
মফম মতমগী মতুং ইনা থবক তৌসি
ফৎতবদা ঙম্মী হায়দুনা তৌবীগনু
মীয়ামগী ইঙ্গিৎ য়েংমীন্নসি
মীয়ামগী ওইনা লৈমিন্নসি
মীওইনা পোক্লবদি খুন্নাইগা য়ান্নগনী
কিনা থমগনি খুন্নাইবু
ইকাইবা অমাসু লৈগনি
পুম্নমক ওইসনু
পুন্দবা য়াদে ঐখোয় অমতা।



# লুংনিলা

হে ইমা মণিপুর পোক্লকম লমাদম
ঐনা ঙসি তারিবা অসিবু অচুম্বা।
মীকপ মারাওখোল মীহাং মীপুম ময়ামশিং
অহংবী অতপ্পী ইমাগী নসাইগোন্দা।
ঙসি তারকলে অঙকপা পাও
মীনা অঙাং ফারে সেনগীদমক্তা
কনাদসু মরাল লংজদ্রবী
খোমলাং মনম কোকত্রিবী নরা অমা
শকখংদবশিংনা ফখিবা
শেনগীদমক্তা ওইরমলেদো
মীয়াম্না লাউজখি থাদোকপিরকউ
অদুবু হাৎতেকপিরকলেদো ।
ফংখি শিনা লুংনিলাদো
ওইরেদো হিংচা য়াইতম্বা লৈবাক
তাহৈদবা ব্রাদু তাবদা
কপচখিদো মমা ওইবী কয়া-কয়া
কনখ্রবা মমা মচাগী নুংশিনবা
থাদৎপিখি শেনগীদমক্তা
লুংনিলাবু কনবা ঙমখিদবদা
মমা খুদিং থম্মোয় কাইখিদো
চীংগা তমগা নুংশিনবগী মরি
পুল্লমলে নংনা চেৎনা লুংনিলা।



# অরোইবা বিদায়

থদোক্লমলেদো ঙসিদি হকচাং পোলাং
চৎলেদো ঙসিদি স্বর্গগী লম্বীদা
হনজিন খ্রাঞ্জনু মফম মফমদা
মৈ ঈশিং নুংশিৎলক্তা ।
অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা করিসু খংদনা
শান্নখি চোন-চোংদুনা নুংঙাইনা
নুংঙাইখি মতমদো হরাও তয়াম্না
হরাও তয়াম্না চাখি অচা অথক ।
মথোৎ কারকপা মতমদুদা
অপাম নুংশিবা কয়া থেংনখি
বাসন্তগী মতৌগুম য়েনিং হুনখি
থম্মোয় মাকা লামজখি মতমদুদা ।
পুন্সিগী খোংদমিন্নদুনা
লৈমিন্নখি মতম কয়া নুংঙাইনা
শামিন্নখি ৱারি কয়া মতমদুদা
অৱা নুঙাই পুন্নমক্তা তাওমিনখি ।
নিংথম পাম্বা ওইরক্লবাদা
নাপি শিংবী পুন্নমক তিল্লরে
নিংথিবা পুম্বা মাংখরে ঙসি
মীওইবগী হকচাংসু মনসল্লক্লে ।
হে হকচাং নুশিবী - ও
ইতা ওইরম্বী মতম খরা
লৈহৌরোকো ঙসিদি নঙ
নিজরী অরোইবা বীদায়
চৎলে হকচাং নঙবু থাদোক্লমদুনা ।



## মীওইবগী হক্ত মী মসেল

খুৎলাই পাইবগী সক্তিনা
নৈহৎপিবা খুৎলাই পাইদবদা
ওৎপিরে ঙসিদি ব্রাংচাওরবা
আমেরিকানা  অসোনবা ইরাক্তা
মীওইবগী হক্ত মী মসেল,
কদায় মীওইবগী শান্তী
লৈতরে চান্না চিন্নবাদো
থুগাইবী ফুরা দালান
চুমলি ঈ মসেল
নুংশিবা শাসিন্নরী অমুকসু।
ডিমোক্রেসি চৎপা ইরমদম
মমিংতা ওইনা চৎনারে
ইপোৎনিদি হায়রগা
ইসানা শিজিন্নবা য়াদবা
মপুগী মপু ঙাক্তা ঙায়বা
লান্নসু লৌবীরে লানবাসু নৎতনা ।
শান্তি শান্তি চিনদনা শান্তি
থিহুমলাগা হেক্তা হাৎপিবা
মীওইবা মসেল ঈচুম্নবা
ওইরোই শান্তি কৈদৌনুংদা
লাকলোই মীওইবগী শান্তি
মীওইবগী তঙাইফদনা
ফংফম থোকপা হকশিং ফংলব্রা ?

❖❖❖

## শক্তি লৈবা তামারা সিং

নাহরুপতা তাইবঙ খোংদরকপা
পলেম ইমাগী মপারী
তামারা হায়না পলেমনা মীংথোনবীবা
ব্রাখৈ নিংথেম পুখ্রি মপানদা লৈজবা
বারুনি চীংকোংদা শনশেনবা
লৈমা চীংগী ইফুটতা শক্তী ফংখিবা
হে মীতৈ ইমাগী মপারী তামারা সিং
নঙগী শক্তী অঙকপা ফংনা ঙকই
বারাকতা হি খাবক লাক্লগা দরবার ফম্বা
জিরি দরবার হায়না খঙনবা
হে অকন অথৌ নঙগুম্বা লৈতেকো
ইনিংথৌ চন্দ্রকৃতিনা গোবিন্দগী নিরমল
লাইনি হায়নৈদো তামারা সিং
নঙগুম্বা মীওই লৈতেকো
তাইবঙদা নঙদি লাই পোকনীকো
তামারা সিং নুমিৎ ৩৬৬ নি
নঙনা সাইগুনতৌবা ঙম্বদো।



## তাইবঙমী

তাইবঙ মীওইবা করিগী কল্লক মীহৌবনো
করিগী অমনা অমবু পুন্সি লোইসিল্লিবনো
ঐখোয়না হিংলিবসি মতম খরাতংগীনি
ঙাইহাক ঙাইহাক্কীদমক্তনী মীওইবা
কল্লক মিহৌবা থাদোকমিন্নাসি
নুংশিদবা মতমগী ইচেলশিংসি
ঐখোয়না খাম্বা ঙম্বারা মতমদো
করিগী অদুক তহা তহারিবনো
থল্লা থক্তা পকপা লিকলাগুম্বনি
অসুক তেনখ্রবাসিদা ঙাইঙমদেকো
লোইবা নাইবা মীওই মপোকনিকো
ঙাইঙমদবা তৌবিনু মীওইবশা
ৱাখল খল্লু কৈদৌবগে তনগনু
অতৈনা ঙমখিবা থবক্তো নঙসু ঙমগনি
অফবা মীংচৎ কয়াসু ফংগনি মীওইবা
থবক খুদিংদা নশাদো কখোকউ
খুলাইগী লৌশিংনা মীওইবগী
লম্বী খুদিংগী থম্বীরীবনি অফবদো
মীংচৎ উরোং খিল্লম্মু হে তাইবঙমীওইবা
ৱাখল পিকসনবা থাদোকপীয়ু
অফবা লম্বীদা চৎপিয়ু ।



## ওইরকপা পামদে চহি ৭ খুন্তাকপা

খঙনা খঙনা সোইদ্রদো ঙসি
ঙসি মাংবা তারেদো স্না লৈবাক
লৈররোই লৈরলোই ঙসি লৈররোই
সোইদ্রেদো হন্দক্তী মাংলনিদো
ইমা লৈবাক মীতৈ লৈমা
মীতৈ লৈমাগী ফজবাসু লৈররোই
অচুম্বাসু লৈররোই ইমালৈবাক
ও মাংখিবা তারেদো ইমা মীতৈ লৈমা
মাংখিবা তারেদো মহৌশাগী ফজবা
মাংখিবা তারোদো খুৎসেমগী ফজবা
মহৌশাগী ফজবা লাবুক লমহাং
চীং মান লোইরনীদো ঙসি মণিপুর
কদায় অচুম্বা কদায় নুংশিবা
ধর্ম্ম লৈখা তারবনি মণিপুর
লৈখা তারবনি ধর্ম্ম শান্তি লৈতরে
ইমা লাবাক মীতৈ লৈমা নুংশিবী,
মিহাৎপুং ওইরবা মণিপুর
কদাই অচুম্বা কদাই
লৈতরে অচুম্বা লৈতরে।
অচুম্বা তাশেংনা তাইবঙ মপুনা পিরম্বা
অশেংবা পুন্নমক মাংখরে
লৈত্রে ঙসি অচুম্বা মণিপুরদা
লৈরারোইদ্রা মণিপুরগী মওং
খ্বাইরমবন্দ কৈথেল পুমকাই

নোংমৈ মখোলনা মাইকৈ ১০ নিল
মফম মফম বোম পোখাই
খংহৌদে মীশি মীনা থোক্লী
অমনা অমবু য়েংনদে
মরন্নাই মরন্নাই তানৈ
থৱাই য়াউদ্রে নোংমা নোংমগী
পানিংদ্রে মণিপুরগী পাউচে
শিরে হায়বা নত্তনা য়াউদে
মসিবু তারমদাইরা লৈখা
কংলা বীচার কনানা তৌবীনী
ৱায়েল থৌরী লৈতরে মণিপুর
চহি তরেৎ খুন্তাকপা ওইরগনি শোইদ্রে
মাংলে ঙসি মণিপুর মাইকৈ খংদ্রে
নোং ঙানবা ঙাইঙমদে
মী মথৱাই হেক্তা য়াওরমদে।
মীতৈ ফুরুপ মশিং নোপথরে
তারকলে নোংমা নোংমগী ময়েং
ওইগনি হায়বা নিংলক্তরে অফবা
তেংথারে পালেম ইমা মীতৈ পোকপী।



## বন্দ

হে মণিপুরগী বন্দ নুংশিবী
বন্দ নঙতনা ঐহাক্কী নুংশিবী দে
নঙতনা ঐখোয়গী য়েক্লবনি
ঐবু করিগী নংনা নুংশিদে
থোক্লি তৎতনা বন্দ
চৎথোক চৎশিন য়াদবা বন্দ
কপ্পী অঙাংদি তৎতনা
চৈ মমানা তৎতনা .
ফুই অহিংদৈ মচাবু
করিগীনো হংই ইচাশিদা
তৎতনা কপ্পী ইচানা
চাক লম্মী চাক পিয়ু
চাক লৈতে বন্দনিমমানা
চাক য়াওদ্রবা হকচাংনা
কেল্লী নাকেঙ্গাগী উনাগুম
হামচৎ হামবোউনদুনা
চাক্লামবা নুমিৎতুনা
থারি খুবাকনা খাজায়দা
পাম্বৈ লৈতে তাকসি সোলি।



# নুপী লান

হে থৌনা ফাবী মীতৈ নুপী
হে থৌনা ফাবী মীতৈ চনুরাশিং
ঙসিদি কৌরে নখোয়বু
নুপী লান কৌবা পুৱারীনা
১৯৩৯ ডিসেম্বর ১২
ঙাক্লি ঙসি নুপীগী নুমিৎ
কুইরবা পুৱারিগী লৈমাই কয়াদগী।
ঙসিদি অমুক নৌহৌন্না
মমা ওইবীশিংগী থম্মোয়দা
পাম্নরকলে নুপী লান
ডিসেম্বর ১২ দো
থম্মোয়গী মণিশিং
ঙন্না ঙন্না মাংহনবীবা
পাম্নরকলে নুপীলান
নুপীলান নুপীলান
নুপীশিংগী ইখেংতনা
স্নকৈথেন পুমঙাং ঙাংখি নুমিৎ অদো
থৌনা ফাবী মীতৈ নুপী
চংশিল্লি য়েক্লবগী নোংমৈ চিনদোন্দা
খাঙখি মমা লৈবাক্কীদমক
থৌনাফবী নুপী শিংনা
মুৎলরোই মীংচৎ মুৎলরোই থৌনা
ইদুনা লৈরনী স্মাগী মুক্না
অঙৌবা চেবাংগী মথক্তা।






## পুজকর মন্ত্রি

মীতৈ লৈবাক্কী হে অথৌবা
পুসকর মন্ত্রি অঙানবা শকলোন পুবা
শ্রীযুৎ নরসিং মহারাজ সগোলবন্দ
মবুধৌ মন্ত্রি লৈকাইদা
পোকচবগী মপারি পুসকর মন্ত্রি
নঙগী নগুনবু করম্না শিংথাবা ঙমগনী
লায়রা অনংগী মাপী মপা
নোংপোক থংবা মালেমদা
শক্তি পায়বা মীতৈ লৈবাক্তা
অমত্তা ওইবা ইমুং নুংশিনবা
অমত্তা ওইবগী নিয়ম চংহল্লম্বা
হে অথৌবা কংলৈ ইমাগী মপারী
চৎতুনা য়েংশিনবীবা অফ-নুংঙাই
পাওজেবীবা ৱায়েল চুপলী
চেৎনা পায়, য়াথং অরাবা পীবীবা
লান্দা হৈশিংবা অথোইবা
নঙগী অরোইবা য়াতাফমদা
দোলাই ফৈনা তোংলকপা অঙম অথৌনা
দোলাই থাদুনা কোক নোম্না খুরুমজবা
লৈবাক প্রজানা ইকায় খুম্নবা
ৱায়েল চুপলী পায়বা
শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি
লৈকাইদা পোকচাবা লৈহৌরী
নঙগী অরাবা মীংলেন্দো
নুমিৎ থানা লৈরীবা মখে।



# পোক্লফম লমদম

ভারতকী নোংপোক চীদাইদা
চিক্লা লেম্না ঙাক্লিবী
মচু তারেৎনা ফিজং খক্লিবী
ৱাৎতা পাদা হিংজবী
মোং-হাদবা নহাক্কী মীৎয়েংফম
ঙসিদি ওইরে চাকনীবী
ফিজেৎ ফিগাইনা লৈতেংলে
অঙাওবী ওইরে তাইবঙ অসিদা
ইমা লৈবাক মণিপুর নুংশিবী
পোক্লফম লমদম নুংশিবী ইমা
নঙগী লমন শিংজরী নপারী নমোম
ঐখোয়না, ইমা পোক্লফম লমদম
নুংশিবী ইমা মীপান তাংদনা
হিংবা পামজৈ ইমা মীনাই ওইনা
হিংজবা পামজদেনে ইমা
ৱাবীগনু ইমা লোনথোকত্রবী ইমা
নুংশিবী নচা কয়া লাক্কনী
মচা কয়া লাক্কনী
মচা কয়া চৎখিনি। ৱাগনুকো
কপকনুকো ইমা
নচা পাঙ্গল চাওরকলে।
লৈমাই অমদি নোংদোল
ইমা নংগী শেংলবা ঈশিং-নুংশিৎ, মহৈ-মরোং
পুন্নমক অসিনা সেমলকপ নচাগী শিংলি নাউরিনী
পুক্লীং হকচাং ৱাখল লৌশিং নঙগী নঙ ঙাক্তনী।

হে ইমা পোক্লফম লমদম নুংশিবী
লাইরৈবাক্তগীসু হেল্লবী
ইমাগী নুংশিবা শকতম য়েংবগী পেননাইদে
অদুবু খঙই ইমা ৱারৌরমগনী খল্লি
মখোয়ন থোক্তনা হৌরবী নুংহিক্রবা খোঞ্জেন্না
নঙনা থম্মোয় শেগাক কায়না
হে ইমা পালেম নুংশিবী মালেম অসিদা ইমাগী
লৈরিনে নচা কয়া মমা নিংবা ।
ৱারৌবীগনুকো হে ইমা লোনথোক্তবী
নুংশিবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরীবী
ইমাগীদমক্তা নচা কয়া লৈরী
কপ্‌কনুকো ইমা ৱাগনুকো কংলৈপাক
নচা কয়া চৎথ্রবসু নচা কয়া লৈরি ইমা।



## হনজিল্লকলে শা ওইনা লৈরিঙৈ

শা ওইনা লৈরিঙৈ
অফংবা মশেন চান্নরম্বা
অউ অউবা হাৎতোক্লম্বা
হনজল্লকলে অমুক হন্না
করিদগী থোরকপা শাগী ৱাখল
শা ওইনা লৈরিঙৈ ।
ৱাখল খনবা ঙম্ব শা
লৈতে তাইবঙদা লৈতে
শাগী লীচৎ করিগী পাম্মী
মাগী মাগী মথৌ লৈ জিবা পুম্বা
হেনজন্না ঙাকশেনবা হৌরে
হেনজন্না থবক চৎথবা হৌরে
হেনজন্না নুংশিনদবা হৌরে
শা ওইনা লৈরীঙৈ ।
তাথ্রবদী খায়াৎতা অশিবগী
অমুক হল্লকলরোই তাইবঙদা
অফং অফংবা হাৎনবনা
ওইগনি শাগী লীচৎ শহিংচবা
তাইবঙদী ওইশি তাইবঙমী
শাগী লমচৎ থাদোকমিন্নসি
শা ওইনা লৈরিঙৈ ।



## চিত্তরঞ্জন অথৌবা

চিত্তরঞ্জনগী অহীংবা খাম্বীমৈবুন
চাক্লী মৈবুন চিত্তরঞ্জনগী হকচাং
নীংতম্নবগী লানম্ফমদা চুখৎপিরমলে
মৈরি ৱাংনা ইমা মণিপুর,
নঙদি ওইরমলে মপুনা থারকপা
নিংহন্নবা লৈতনা চুখৎপীরি
নংগী থম্মোয়নুংদগী হৌরক্পা মৈরি
লৈহৌরনী নঙদী মুৎপা নাইদনা মৈরি
লৈহৌরনী নংগী লেমজনীংঙাই ওইবা মৈরি
ৱাংলে নঙগী মৈরি মালেমসিনবা থুংনা
নৈহৎপিরবা ইমালৈবাক মীকপমিরাও
খোঞ্জেলতনা নিল্লবা ইমা মণিপুর
নংগী মৈরিনা  মৈঙান পিবিরী
অমমবা কোকহনবীরী নংগী মৈরিনা
অথৌবা নঙগী মৈরিনা
মোনোরোমাগী শেংলবা হকচাং চুখৎপীরী
মেমিতাগী হকচাং চুখৎপীরি
কপতুনা লৈজাবী ইমা মণিপুর
অথৌবা নঙনা পিবীরে ইমাগী মঙাল
ৱারবী ইমাগী পীরাং
তৈথোকপিরে নঙগী মৈবুনদুনা।



## হে ইমা লোক্তাক নুংশিবী

হে ইমা লোক্তাক নুংশিবী
ইমা নঙদি থৱায়নী মণিপুরগী
নংনা ঙসি মীওইবা তাইবঙবু
য়োকখৎপিরি হিংহনবীবি
ইমা লোক্তাক নুংশিবী
মলেমশিগী শিংথানিংঙাইওইরী
অরবীয়ান সিগা মান্নে চাংদম্নাখিবনী
নঙগী মগুনবু থাদুনা লোইবা
নাইররোই ইমা নুংশিবী
ৱাংতা পাদনা পৈদুনা লৈরী
নঙগী পোৎথোক কয়া অমনা
মীয়ামগী চাকখাউনি।

অদুবু কাদাই ৱারেদা
লোক্তাক নঙগী খল্লুবদা
ইমা নংদি মণিনি নঙদি মুক্তানি
থোকউদা থোকপনি
লেমজনীংঙাইনী হে ইমা নুংশিবী
কদায় নঙগী ফজবা মখৈ
মাংখিবা তারবরা য়েংবদা ৱারে ইমা
থল্লে ঙসিদি ফুমদি তানা
কদায় ইমা লোক্তাক ফজবা
খোয়দদ্রে ঙসিদি মাংখ্রগদ্রা হায়না
চাক্তারম্বা ঙানু থংগোং

নুংশিরবা উচেক ৱায়া পুম্বা
মাংখরেদো। ঙসিদি
চিন্দুইন তুরেল থিংজিনবিখ্রে
পেংবা শাবেং লৈখিদ্রে
অসিরা হে তাইবংপাল
বাবে থম্মোয় পুবাঙ মদ্রে।



## কায়নবা

কায়নাবনা ৱাহঙ্গি তেঙবাননবা অস্বি
উনা অপুংবা পামেলথক্তা
অহিং য়ারেক মিন্নরম্বা চেক্লাশিং
নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈরকপদা
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলকপদা
শৎকাইখ্রে মাইকৈ খঙদ
হায়রম্বা লৈতে কনাদসু
পুকমেন্নবা লৈতে কনা দসু।

লৈমিন্নরম্বা নুরা পাখং কয়াসু
মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না
ৱাঙাং ৱাতা হৈনদবদগী
ৱাহৈ কারল চন্নবগীদমক
খুদক্তা কাইনাবা তাখিদো
অসিরা কাইনবা হায়বদো
কাইনবগী মৈশা লাংনরেদো
মমাই থোক থোক লুকথানরেদো।

অহল মশেলসু নুংশিথৌরিনা পুন্নম্মীদো
অকনবা থৌরীনী পুল্লীবদো
কাইনবা য়ারোই কৈদৌনুংদা
কাইনারেদো হৌজিক্তি অনিমক
খংহৌদনা তৌঙান তান্নরেদো
মতমশাং লৈমিন্নরকপা
শাবি শানৌ অনিমক্কী মতমদো
চেক্লাগুম উফৈথক্তা তোং।

লৈরাংগু মলৈখোও।
শাৎমিন্নরম্বা নুরা পাখং
তৎখরে নুংশিলৈপুনদো
ওই রেদো পুম্নমক য়েক্লবা
কাইনরেদো ঙসিদি খংহৌদনা
অসিরা কায়নবা হায়বদো।



## মীওইবগী পুন্সিগী খোংচৎ

পাকরচাওরবা পুন্সিগী ঈপাক্লী
অকিবগী মশক ওইবা ঈপাক্লী
কোংগোলগুম তাওরীবা ঈপাক্লী
কল্লবা শাফু কয়ানা তৎতনা ফুরক্লী
কদায়দনো পুন্সিগী লমথুংফম
খল্লুদবা ঙমদে ঙসি মীওইবনা
তনিক তনিকই থম্মোয়সে
খঙবা ঙমদে মীওইবগী পন্থুংফম
লোইখিগনি মীওইবা নোংমদি
হিংদুনা লৈগনি মতম কয়াকুইনা
খঙবা ঙমদে কননাসু ঙসি
খুজেং পায়দুনা নক্লা পুবীগনি
চৎতনবা কন্না খাম্বীগনি
চেক্লাগুম্বা থরাইনি মীওইবা।
লাইজথক্কী কোঙ্গোলগুম্বনী
থম্না থক্কী লিক্লাগুম্বনি
কোঙ্গোলমানা তাকখ্রবদা
মীওইবগী পুন্সি লোইরনি
পুন্সি খোংচৎ লোইরনি।



# নেতাজী সুভাসচন্দ্র বসু

অৱাংবা আদর্শগী
মীনী নঙদি হে নেতাজী
সুভাসচন্দ্র বসু
ইমাবু নুংশিখি
তৎতনা ইখি চিঠি
মীওইবগী পুন্সি
পোকপা অমদি
শিবগী অতৎপা
লৈত্রবা চক্রনি।
মতম পুম্বাদা
ঈশ্বরবু কাউদবা
অদুতনা ওইগনি
অফবা পুন্সিগী
ঈশ্বরবু নিংদ্রবদি
অর্থ য়াউদ্রবা পুন্সিনি
মহাক্না খনখি
মহাক্না হায়খি
মালেম পুম্বা অচুম্বা
অফবা, ফজবা
অহুম অসিনা
থলহনগে খনখিবা
আত্মা বলিদান
তৌবা পাম্বা
হে অথৌবা
আত্মা বলিদান
তৌবনা ওইগনি
মালেমগী নুংঙাইবগী

তুংনফমনি খনখিবা
হে মরৈপাক নীংবা
অথৌবা
ভারত নিংতম্বা
ফংহল্লম্বা
শিবা কিদবা
অথৌবা
দুর্গা পুজাদা
হমেং বলি তৌবা
য়াখিদে সুভাসনা
বলি তৌখিদে
মহাক্কী বংসদা।
অশেংবা কর্ম্ম যোগী
ওইরীবা থৌনা ফবা
অথৌবা মরৈবাক নীংবা
ভারতকীদি মপারী
বন্দে মাতরমগী আদর্শ
শন্দোক্লম্বা,
অজাদ হিন্দ ফৌজনা
বৃটিশকী
মাইয়োকতা
লানথেংনখিবা
হে অথৌবা
ভারত মচা
অশেংবা
শিংথাবা লোইররোই
নঙগী নগুন।
হে অথৌবা ভারতকী মপারী
ককচীংগী খম্মাং ঈশ্বরগী মফমদা
লোৎখিবা অহিং অমা

পুন্সি চুপ্পদা পোত্থফম
খংদবমখৈ থৈরোং পান্বীগী
মথক্তা অহিং অমাসু লৈখিবা
নরুপ নপিজ অনিগা
পালেন্দগী প্রেন থৌরগা
অতিয়া তম্না পাউখৎখিবা
হে অথৌবা ভারত মচা
বৃটিশগী প্রেন মশিং থিঙমদবা
কয়াবু কাপথরকপা
হে মীরৈবাক নিংবা নিংহন্নদবা
পান্মুই নংগী নথৌনা
হে বারতকী মপারী লুচিংবা
শিবা নাইররোই নংগী মিংচৎ
পৃথীবীনা লৈরীবা মখৈ মুৎলরোই
নংগী মিংলেন।



# চেল্লু নহারোল চেল্লু

চেল্লু নহারোল চেল্লু
মালেমগী লৈমাইথক্তা
অকি অখং লৈতনা
ম্মাগী মীংচৎ পুরক্লবা
অকনবা পোকপা ইরৈবাকনী
পাওনা থঙ্গাল টিকেন্দ্রজিৎ
নিংহন্নবা লৈতনা চেল্লু
ইপারী ইমোম নুংশিবশা
নেশাগী ইপাক্তা লুপকুমশি
পানথেংনশি দ্রক ব্বার
মাইথীবা পিনবা ঐখোয়না
চংশীনসি ঐখোয়গী লানজং

ঐখোয় মশেল হাৎনরগা
শীবা নংতনা করি ওইনি
কান্না কান্ননো কাংলুপ মশেল
ঐসু মীনী নঙসু মীনী
অনি খৎনবদি অমনা ঙমগনী
হন্নবা লৈতনা খৎনবনা
পোলোইদা করি ওইগনি
মীওইবা হিংবগী মমি শাম্বা নত্তনা ?

খৎনগুমসি ঐখোয় মশেল
হিংমিনসি ঐখোয় মশেল
পানমিনসি ঐখোয় খুয়া তুশেৎনা
পুন্সিদুবু মহাও খঙনবা
ঐগা নঙগা মাগা নখোয়গা

চেনমীন্নসি ঐখোয পুন্না অমতা ওইনা
মালেমগী লৈমাইথকসিদা
লাউসি লিংজেল মান্নবগী খোলাও
ঐখোয় মশেল অমাতনি
ইমা অমতগী মচানি
অচুম্বা লম্বীদা শান্তিগী খোঙচংদা
য়েৎকা ওইগা খুৎশম্নদুনা চঙমিন্নসি
হন্থবা নৎতে তাথাবা নত্তে
কল্লক য়েংথি হাৎন শুনবনা
ইখুৎনা শেমগুমসি মোংফমগী শৈমঙা
শেমসি অনৌবা লম্বী চাংখৎনবগী
নিংথিজবা শান্তিগী লেংদ্রবা মলেম।



## পুন্সি

ঙসিদি খঙহৌদে
খংনুং নুংশিরকই
খংপাম পাম্মুরকই
খঙহৌদনা ইথক ইপোম হৌরকই
নুংদাংৱাই মতম অসিদা
মথং মথং খঙহৌদে
মরি মরি চংলকই
অঙকপনি পুন্সি।
কয়াদা নুংশিখ্রবা
মীওই ঐগী পুন্সি
লমশাং কয়া চৎলকলে
উমং কয়া চীংশাং
বারুণী মহাদেব লৈফম
চীংখৎপিখি পন্থৌ অপোকপনা
মহাদেব তম্না
ইমা ইপা ইচিন ইনাও
শাগৈ নতে পুন্না লৈমিন্নখি
পুন্সি
নোংমদি খনখি
ছাত্রশিং ঈ মপিমচা।



# ইমা মণিপুর

১

মালেম লৈনা লুম্বারা
পালেম ইমানা মহেল্লি
কোহৌ নোংমাদোন্না
অতিয়ানা ৱাংবরা
পহৌ পোকপানা মাৱাংই
পালেম পহৌ পোকপিদো
মণিপুর স্না লৈবাকনী
লাইনা থাবা লমদমদো
মণিপুর স্না লৈবাকনি।

মচু তরেৎনা ফিজং ওইরিবি
ইংনা তপনা মতমলেল্লিবী
নুংশিবী ইমাও নুংশিবী
লৈতে মফমকৈদা নংগুম্বী
হো ইমা পুকচেল তল্লী।

চিংনা কোইনা পনসবা
চীংমীনা কোইনা পনঙাকপা
নুংশিবী ইমা মণিপুর
লমদম অথোইবী ইমাও
তপনা ইংনা ঙাঙ্হোইরীবী
পুকচেল তপপি ইমাও
নঙতনা নচাশিংগী অশেংবা ইমানি।

ঙসিদি ৱারে ইমা নুংশিবী
অমনবা ফিজোল শেৎচক্লে
ৱাৎলে ইমাগী ফজবা
ঙাওচৎনরে ঙসিদি ইমা
মিৎকি পারাং শিক্লরে ইমা
শজিবু মালং য়ৌরকপদা
থোইনা হেন্না মৈচাক পুরে।
ইমা নঙগী নতম্বাক্তা লৈজগে
হো ইমা মৈতৈ লৈমা নুংশিবী
হন্না য়েংনদ্রবা তাইবং অসিদা
করম্না লৈগনি করম্না হিংগনি ইমা
হন্না য়েংনদ্রবা তাইবঙনি
হৈরাংগুম মশুং তারকই
লৈরাংগুম লৈকা তারকই।
অরোইবা ওইরগদ্র ৱারকলে
সিনবা থুংনা মথি ফোংলকলে
অৱাবা কয়া খাংদুনা
তপনা ইংনা লেক্লিবী ইমা
মীৎলু পিরাং ইহৌরে
ৱারে ইমা মৈতৈ পোকপী
ৱাহৌবীগনু ইমা
নচা পাংগল চাওরকলে
মিৎলু পিরাং তৈথোকপিরো।



# শান্তি

নক্কা শক লোৎতুনা
লৈরীবী শান্তি
নংহাকপু ঙাইবদা
ৰারে তাইবঙনা
ঙাইবদা নঙবু
চোকথরে পাংগল
থম্মোয় থক থক নিকলে
অঙনবা অয়ুক্তা
পোত্থবা ঙমদ্রে নিকলে
করম্বা মতমদা থুংলিনি নুংথিলগী মতমদা
চেংখৈবগুম নিকলে
তানিকলে তাইবংপুম্বা
নুংদাংগী মতমদা
হুমাংনা পুমচোৎ চোৎ
লাকপিরো হে শান্তি
লাকপিরো
খুৎলাম তোইনা কৌজরি
হে শান্তি।



# কংলৈপাক

লুপানা মফেন্দ ওইবা লম
স্নানা ময়ুংকাবা লম
নুংঙাইবগী মশক ওইবা লম
অবাৎ অপা লৈতবা লম
হায়নিংঙাইলৈতনা ফজবা লম
য়েংবগী পেনবা নাইদবা লম
হে নুংশিবা কংলৈপাক
মহৌশাগী খুৎশেমগী ফজবা
পনবা য়াবা হে লোক্তাক
জীব পুম্বা কনবিবা হে ইমা
কংলৈপাক ৱারে ঙসি
ৱারে কংলৈপাক ইমা ৱারে
মোৎশিল্লকৃবা লোক্তাক
চেঙ্গরক্লী নম্বুল তুরেল
অমোৎ অকাইনা থল্লে
ঙসি নম্বুল তুরেল
চেঙ্গরী ঙসি কংলৈপাক্কী
পুককৈ লোক্তা তম্না
মতেং পাংলে নাগা তুরেন্না
মোৎলে মোৎলে নম্বুল তুরেল
খাংবা ঙমদ্রে তেংথা
নাওরোইরে ইমা লোক্তাক
মীৎলু পিরাং কংবা নাইদে।



# পিরাং তৈথোকলি

কংলৈপাক মচাশিংগী
পকলে লৈনা
লোক্তাকী ঙায়াম
পকলে লৈনা
হৈকক য়েলি
পোক্তাকনা তেংথারী
নম্বুল তুরেনবু কৌদুনা
ইমাগী ইবেম্মা নুংশিবী
নপুকচেল ফাজৌ তম্বীবনি
ইমানা
ঈশ্বরবু খুরুমজৌ
তম্বীবনি ইমানা
তাইবংবু য়োকউ
তম্বীবনি ইমানা
কাদাই পুম্বা ইমানা হায়
কাওথোক্লবরা ইমাবু
নুংশিরবা কৈশামথোং
ইমাগী ইবেম্মা নুংশিবী
কাউগনু ঈশ্বরবু
নগা তুরেন্না কোনবা লম
ঈশ্বরবু কাওগনু
লোক্তাক ইমাবু
নুংশিবিয়ু।



## টু থাওজন য়ৌরমদাই

টু থাওজন য়ৌরমদাই
ঈগী নোং চুরকলে
অকাস মৈনা চাক্রে
শাহিংচাবা শা কৈ উমংদগী
চেষ্টোক্লককলে —
শাঙা ঙাক্তা ঙায়রে।
অমুম্বা হৈদা তিন চংলে
লৈখোক খুদিং লিনখাক য়েৎলে
লৈহেকপা কিনরে মীওই খুদিং
গুলাপকী ফাজবা
খিনারে য়েংবা
থুম্লবা হৈনৌ থৈবোং
য়োৎলুবা পুক্লুদা
তিন হৌরমলে
ফাজরবা লৈরাংনা
ফুগাইনা শাৎলি
য়েংলুরে মীৎতা
মহিক পাইশিল্লকই
তাইবঙ মীওইনা পোক্লুবসে
বীজ্ঞানগী অরোইবা
খোংথাং থাংজিল্লি
খুৎনা মেছিন অমা
নম্বাদা পাওখুম

অদুম পিরকই
খোনী থোকপা মীওইবনী
বাংলে বীজ্ঞানগী লমজেল
ঈশিংনা মৈ থোকহল্লে
নুংশিংনা খোঞ্জেল থোকহল্লে।
পাখং লৈশা নুংশিনরে
য়েংমিন্নরে লৈকোল
পং থংপিরে মন্ডক
হাংতোক্লরে অমগা অমগা
টু থাউজন য়ৌরমদাই
নোংঙাল্লমদাইগী অমমবা
কুইররোই ঙাম্বোক্লনি
তাকপিখি বাহাউলান্না
লাক্লগনি অচুম্বা
থুংনা চেল্লগনি
অচুম্বা কুইররোই
ঙাম্বোক্লগনী
অথুবা মতমদা
হাৎনা শুনবগী
মথংদা অচুম্বগী
নোং তারকলনি।



# খঙহৌদে চৎখি

শান্নখিবা কয়া অঙাং ওইরীঙৈগী
ৰারি কয়া লিবিখ্রবা শগৈ নাতৈগী
চৎমিনখিবা শাগৈ নাতৈশিংগা
য়েংমীন্নখিবা ফজবা দৃশ কয়া
চামিনখিবা অহাও অথুমশিং
য়েংমিন্নখিবা কুম্নে ঈশৈ কয়া
লাই হরাওবগী ফজবা শাথেক
কয়াদা নুংঙাইহনবা নুমিৎ শিংবুন কয়ানি
কাদায়নো উবা ফংলরোই
অমুক হন্না মতমগী গর্ভদা লোৎখরে
পাম্মুইদা মতমদো।
থোরকলরোইদো ঙরাংগী নুমিৎতো
খংহৌদনা চেনখিদো মহাক্না
খাম্বা নংহৌদে খাম্বা য়াদে
য়াদেদো ঙাইহাক্তা ঙাইবীয়ু
পাম্মুইদা ঙরাংগী নুমিত্তু
উবা ফংলরোইদো দৃশশিং অনিরক হন্না
থম্মোয় কায়গদৌই নিংশিবনা
পাম্মুইদা হৌখ্রবা মতমদো
অসিবা তাইবঙ মীওইবা
পালেমগী ৰাহে খাইনরমদাইগী
শিরমদাইগী দৃশা কনাগুম্বাগী
কাইখিগদৌই থম্মোয় খল্লবদা
অহৌবা নুংঙাইবা অরোইবা অৰাবা
তাইবংগী পুন্সি
ঙকইদকো নহাকসে
খংহৌদে হৌখিবা নুংশিরকই
মতমদো।



## ঈরৈপাক

ইরৈপাক ইরৈপাক উজদ্রি নংগুম্বা
নংতনী ঐখোয়গী পুক্লিং নুংঙাইহনবা
নোংপোক্কী কোরৌ খোংদাফম ওইরীবী
ভারতকী লংদাইফম ওইরিবী
মহৌশা লাইরেম্বীগী শান্নফম ওইরিবী
মচাশিংগী অৱাবা পোত্থাফম
উহৈ-ৱাহৈনা মরিক চূম্বা লম
মরিক চূন্না শাৎপা ফৌ চারোংনা
মীৎফম হোংবা য়াদ্রবা লম
নচাগী অৱাৎপা লৈতবা লম
মফম-মফম খুদিং, চীংয়া-তময়া খুদিং
পোম্বী-চেক্লানা মগুন শকলি ইমাগী
শান্তি ওইবী মফম খুদিং
পুকচেল তপলবী নঙগুম্বী
নপারী-নমোম লুনা তৌজবা
নঙগুম্বী কনা লৈবগে ইমা
মোমোন্তা নোক্তুনা লৈরীবী ইমা
অকনবা ময়াম পোকচবী
অথৌবা ময়াম পোকচবী
বীর টিকেন্দ্র নোংশারেল নপারী
শীপুম খুদিং শোন্নরী মহাকপু
চৎলি মিংচৎ পৃথিবী থুংনা
টিংথংলেন নিংথৌ অথোইবা
স্নাগী মুর্ত্তি জয়সিং নিংথৌরেন
ইমা লৈবাক্কী থৌদাংদা নিংথৌরেন।

বৃটিশকী লাম্হেংদা
নিপা থোক্লা নিপা থোক্লা
পান্থেংনেখিবা মুংলরোই
পৃথীনা লৈরিবা মখে
গম্ভীর সিংহ লাইপোকসি
অকনবা পোকপি ইমা।
থৱানমিচাক কুম ঙাল্লম্বা
চন্দ্রাকৃর্তি অথৌবা
অফবা মচা পোকপী ইমা
নঙগী নথৌনা ফবগী
শিংথাবা লোইররোই ইমা
ইমা ফত্তবা নচা কয়াসু
য়াউরকলে ইমা ইমাগী লূরবা হকচাং
তৈরে ইমা উফুল ৱাইফুল
ইমা নাপারী নোংশা
কয়াদি চঙখরে অশিবগী খায়াত্তা
হে ইমা তেংথরি
ঙসিদি নংনা তত্তনা
ইমা নচাশিং ভাব তারকলে
ইমা কপলগনুকো ইমা
মীৎলু পিরাং তৈথোকপিরো
থাইনগী মোমোন মীনোক
উজগে ইমা মীতৈ লৈমা
নোকহল্লসি ইমা ফাজহল্লসি
ইরৈপাক।



# তাজমহল

মতম পুন্নমক্তা নিংশিংদুনা লৈরবা
মাংবা লৈত্রাবা মতমগী চাওখৎপদা
নঙগী অথোইবা নুংঙৌগী মুর্ত্তিদো
কাওনবা লৈতে তাইবঙ্দা কনানা ।
অদুবু নিংরেনগী মিৎকী পিনা
তৎতনা চামথোক্লবা মপুং
ফাদ্রীঙৈদা ফেনখিবা
লৈশাৎ শুদ্রিঙৈদা মাংখ্রবা
লৈরাং শকহেন্বী ।
নংগী মকত্রবা নুংঙৌগী ফজবা
অসি নিংথৌ সাহজানগী
মীৎকী পি ওইরেদো
মীওইবগী কলপনাগী লৌবুক অসিদা
মারু লুক্লা উপাল কয়াগী মরক্তা
মতম পুম্বদা মহৈ চুন্না লৈবা
উপাল ওইগে খল্লরোইরেদো
হে তাজমহল ।
নংগী নুংঙৌগী মন্দিরদা
লোন্না থম্মোয় শোক্লা নুংশিজবা
ফোংঙমদ্রবা শাবী শানৌ কয়ানা
থম্মোয় কয়াগী অচিকপা মীৎয়েংনা
য়েংলি নংগী নুংগী
মুর্ত্তি মন্দীর অশেংবা ।



## মমতাজ

অরাপ্পদা য়েংলকপদা
নঙগী অঙৌবা নুঙগী মন্দির
উহল্লি শাহাজহানগী মীৎকী পী ওইনা
মতম কুইরবা মাংখ্রবা
খোঞ্জেনদো নৌহৌননা জমুনাগী
ঈথক ঈপোম খুদিংদা খোংলি
নুংশিরবা মমাতাজ।
থাবল ফারবা অহিংদা
তৎতনা ময়োল চোংখৎলকলি
নুংশি ময়োল মীওই কয়াগী থম্মোয়দা।
নিংঙমদবনা লোননা থুপনা
তেংথবী তেংথাবী নুজা ওইবীনা
অনুতাপ মৈশা লাংলক্লীবী
নুজানা অথেংবা থাবলগী
অহিংদা নুংশিবগী
মন্দিরদা তপনা তপনা কাখৎলগা
তপনা স্বর তপনা হোল্লগা
লৈহৌরোকো শকহেনবী
মমতাজ পৃথীনা
লৈরীবা মখৈ লৈরনিকো
নংগী তাজমহল।



# মতম থেংলকপা

আশাগী ৱাকয়েদি হোঙ্বরী
ৱাখল নৌরেন পায়দুনা
পুন্সি পচ্থুং য়ৌনবা লেপ্পা লৈতে
ঋতু খোঙচৎসু হোংখিদে
ঈপাক অসিদা লামুক্লখি ঐনা
অহল মতম ওইরকপদা
ইরোন ইরাল তাক্লবদা
থাজবা কনা লৈরিবগে
অরেম্বনি হোৎনম্ম অরেম্বনি
পুন্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি।
পাঙ্গল কল্লীঙৈ মতমদা
ঐগীনি হায়বা অৱাৎপা লৈরমদে
অৱাৎ অপা লৈরমদে মতমদুদা
হঙ্গরবনি খন্না তোঙ্গরুবদগী
লাকখিবনি শামান্নবীশিংনা।
থাংজিল্লুবনি খঙনা পুন্সিখোঙচৎ
থৌওই নাচুংবীদে মীওই খুদিংনা
মতমনা থেংজিল্লক্লবদা
কনানা খনবীনি ঐগীদমক।
পুন্সিনা নুংদাইৱাই ওইরকপা
কমলাক্লা কুরু চেলক্লবা মতম
লূম্না খোংথাংবা মতম
কনানা থৌওইবীগনি মীওইবা
কনানানসু থৌওইবীদে।



## কুম্মৌশিং

পিগে পুন্সি
ঙকখরেদকো
নহাকসে
নোংমানা খনখি
অপিকপা অঙাংশিগী
মপু ওইগে
চৎলিনোংমানা
মণিপুরগী
ইমা লোক্তাক তম্না
তোংজখি হি কয়া
নুংশিজখি ইমা লৈবাক
মিপান তাংজবা
লৈত্রবী ইমা মণিপুর
পষ্টৌনা বিলাত্তা
থানি কাংথোক্লম্মী
খনখি য়ৌগে মফমদু
ইশা ফন্দোক লাম্মী মতমদুদা
অসিরা পুন্সি
লমশাং কয়া
চৎলকলে
উমং ৱামং কয়া
নুংজু নুংশা খাক্তনা
অৱাবা নুংঙাইবা
কয়া মাইরোং য়াবা
লৈ পুন্সি নংগা

ঐগা
পুন্না লৈমিন্নরে
চৎমিন্নরে, চামিন্নরে
হিংমিনরে।
অমুক্কা ইশা ইরেং
ফন্দোক্তুনা পৃথিবী
থুংনা কোইবা
উরুম উহৈ মীপুম
খুদিং পিরগে
খল্লদুনা
চরিধম
কোনা চৎতুনা
মিক্কাসি, তিরুপতি
থুংনবা চৎ চাদুনা
খুরুমজৈ মনসাদেবী
নুমিৎশিং কয়াগী
চংজরু বুধাদেবী
মফমদা
অমুক্কা পৃথীথুংনা
মশা ফন্দোকতুনা
ইরমদম য়োকখৎকে
খন্দুনা পাইরুই
মফম খুদিং
তেমশিংনরুই।
লৈবাক কয়াগী
মীওইশিংগা
খোংদজরুই
স্বোমী ফিললেন্দ

ষ্টেদিয়ম
মণিপুর ইমা
নুংশিবী
খঞ্জখি নংবু
য়োকখৎকে
খনখি মমিং
লৈহনগে পৃথীদা
চৎলি ইশা ফন্দোকই
পাই কোলামপুব
ষ্টেদিযমদা
হোৎনৈ ইমাগী
পুবক্কে মিংচৎ
ওইসিবা খল্লুই
মাগ্রেৎ থেৎচর
ওন্বী
খুল্লুই নুপীরক্তগী
অথোইবী ওইগে
মচা ময়াম খনবদা
পেনজবা ফংজদ্রবী
ইমা ভাবত মাসগব
পিরাং তৎতনা শিন্তবী
অদো য়েংমীনখি
ইচা ইমোম কযাগা
নিংথৌ সগৈ কযা কয়াগী
ঈখেংনা চেল্লম্বা
লৈবাক ঙাকলম্বা
হৌজিকনা শা উচেক
কয়াগী শান্নফম
ওইরবা গোলকুনদা
যেংমীন্নরুই শাননারোই

থৌনা ফবী কয়াগা।
কদায় মদুপুম্বা
লোইনা হৌখরে
তুংনা লাপহৌরে
মাংনা নকসলে
হে পুন্সি
অসিরা পুন্সি
ৱাখল লম্মুকনরিঙে
মতমদা
তৌঙমদবা কয়া কয়া
তৌদৌবা অমতা
তৌহৌদ্রে ।
তারমদাই নুমিৎগী
মশেক্লক্তা ঐগী
পম্বুংফম য়ৌরকলে
খংহৌদনা লৈরমলে
ঐগী পম্বুংফম
অসিরা পুন্সি
হায়বদো
ঙসি ঐনা পুন্সি
নংবু হায়নিংঙাই
লৈতানা
পাম্মুজে
নুংশিজৈ
হে পুন্সি।



## থাদোক্লমলেদো হকচাং পোলাং

থাদোক্লমলেদো হকচাং পোলাং
থনমলেদো কেক্রু পাৎকী মফমদা
চৎখ্রেদো অহাংবা স্বর্গথক্তা
মরমদম ঙমখৈ কন্নবা লাক্লবদা
মরমদম কন্নবগীদমক্তা চংশিনখি
লেপ্পা লৈতে খোংফমদো
খাংখি চৈনা ওনখি ইখেংলক্তা
মমাগী মতমবাক্তা খাংখি ওন্নথোইনা
ঈনা চেনখি অতৎপা লৈতনা
মমা লৈবাক্কীদমক্তা য়াইবী থৱাই
ঈনা শিংখি মমাগী খোমলাং লমল
মমা নিংবা অথৌবা অথৌবীশা
লৈয়ুকো ইংনা তপনা কেক্রু পাৎতা
অমুক হন্না হল্লকখোকো ইরমদমদা।



## নীংতম্বা

লাপথোকখি অসুম অসুম খুনাইসিগী লীক্লমচৎ
হৌখি অসুম অসুম নিংঙাইদনা
ঙমখিদে কনাসু ফারুবা
মীহৌরোন্দগী নুংশিচান্না হিংমিন্নবা
নাথৈদুনা চৎখি খাম্বা নংহৌদে
পুন্সি পীখম্নখি লাউজরম্বা
অথৌবশিং, তাবীদে খনবীদে
অথৌবশিংগী খোল্লাও
চৎখি অথৌবশিংদি মতমগী
খোংলৈদা অসুম অসুম
লোইরবরা ঙমখৈগী খোঙজং
কনানা করি খল্লি কনানা করিতৌখি
থিসি লিক্লমচৎ পুনসিল্লগা
করিগীদমক নিঙতম্বগীদমক্তানি।



## হে ইমা পোক্লফম লমদম

হে ইমা পোক্লফম লমদম
ব্লারেদকো ইমা নচাশিংগী
নোংমা কাংদনা পিরাংশিঙ্বরী
ইমাগী তমপাক্কী ঈখেং অদু য়েংলগা
তৎতনা শিঙ্বরীদো ইমাগী পীরাং
করম্বা কান্দা ইমাগী কঙ্গনি পীরাং
ইমানা পোকপীবগী লমনদি
অঙাংবা ঈখেংতনা তম্বীরমলেদো
লোনথোকত্রবী ইমা নুংশিবী ইমা
নচা কয়া লাকখিনি নচা কয়া চৎখিনি ইমা
নচা কায়না মৈশা লাং কপকনুকো ইমা
ব্লাগনুকো মৈতৈ ইমা পুকফবী।



## আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱার এক্ট ১৯৫৮ কিদমক সর্মিলা

হে মৈতৈ চনু সর্মিলা
নহাক্তি অশেংবা মৈতৈ চনুনী
নহাক্তি লাইবক ফবীনীদো
নঙদি লাইপোক্লিদো
নঙগুমবা মৈতৈ চনু উজদ্রি।
শারবা নুশাগী মৈশানা য়েবদা
হায়না হুমনা শাৎচরম্বা
উনা ৱানা হৈস্পোল লৈপালসু
খাংবদা ৱারদুনা খুইথরনিদো
অদুবু থৌনা ফবী নঙদি —
ঙসিফাওবদা লৈপ্পা লৈতনা
অদুক নরিংজেল খানা খাংলিদো
ইমা লৈবাক্কী মীয়ামগীদমক হোৎনরীদো
করম্নবু হায়সিগে পাংদ্রবী ইচিনসিনা
হায়দোকপদি ঙমজদা ফোংদোকচবসু ঙমজদা
নহাক্কী মফমদা কলমগী মতেং লৌদুনা
য়াৱা অমত্তং পাউদমজহৌগে খন্দুনা
নহাক্কী চহিগী অহানবা — কুমোনসিদা
শৈথাজবনীনে হে মৈতৈ চনু সর্মিলা।
ইং শোক ১৯৪৮ দা প্রজাগী শাসন ফংদুনা
চৎথরক্লিবা মণিপুরগী লৈঙাকলোইশিনা
ভারতকী লৈঙাক মখাদা উৎ-পাৎ তৌদুনা
মরাল লৈজদবা কয়াবু তুহৎপীদুনা,
কয়ানা হাত্তোকপীদুনা, শা-ঙাগী শারাকনফম

ওইহল্লিদো।
খাংবগী পাঙ্গল য়াওরক্কবা,
উনা উনা মীৎ তাংলবা
তানা তানা না পংলবা
ঙসিগী খুন্নাইগী তংদু লৈতাফম খংদ্রবা
মীয়াম লান্মীগী খোংনেৎ মখাদা
মখাদগী মচা কায়নবগী খোল্লাওনা
মায়কৈ মরিদা নীলখোংবগী মখোলতন্না
মীনা শা ওল্লবা
শাহিং চাবা, শানা থল্লবা
ইরমদম ওল্লেদো।
ইরমদমসিগী কন্নবা হোৎনবদা
তমথিরবা পৱার এক্ট কয়া লোইরিবা
১৯৫৮ কী মখাদা লৈবা ঙমলরোই হায়দুনা
এক্টসিবু লৌথোকত্রিমখৈ চরা হেনখিনী হায়দুনা
চরা হেল্লীবী — ইরোম চনু সর্মিলা—
হে মৈতৈ চনু সর্মিলা।
নংদী খুন্নাইদগী লাপ্পা চৎখ্রবসু
থরাইনা পোহা ওইখ্রবসু
হৌগৎলক্লিবী খুন্নাইশিংসিগী চনুরাশিংগী
লমজিং লমতাকপীরীবীনীদো।
নহাক্কী নমিংদি মালেমগী মফমখুদীংদা
মুৎপা নাইদনা লৈহৌরগনীদো।
আম ফোর্সেস স্পিসিশেল ফৱারগীদমক
মৈতৈ চনু সর্মিলা।
মহাক্না থারম্বা চরানা
কংলৈপাক্কী পুৱারীগী লামায়দা
অমুবা কালিনা ইদুনা শিংথানরগনিদো।

নঙগী শক্তি নংগী থৌনা
তাইবঙ খুন্নাইদা চাউরবা পোৎলুম্না
নন্দুনা থম্বীরীবা নোংমদী শোয়দনা
খঙহৌদনা মৈগী চীং পোকখায়রকপদৌনা
পোকখায়রকখিনিদো।
মতমদুদা নঙদি শিরবসু হীংলগনিদো
নঙগী নমিংদি খুন্নাইশিংগী মীরোলশিংনা



## ঐখোয় মশেল

খুৎলাই পায়বগী শক্তীনা
খুৎলাই পায়দবদা নৈহৎপিরি
নৈহৎপিরে ঙসিদি অঙম্বাশিংনা
মীওইবগী হক্‌তা হাৎতোকপীরে
নোংমা কাংদনা ইখেংতরে
কদায় মীওইবগী নুংঙাইবা
লৈতরে চান্ন চিন্নবদো
ডিমোক্রেসি চৎপা ইরমদম
মমিংতা ওইনা চৎনরে
শান্তি শান্তি চিনদনা শান্তি
থী-হুমলগা হেক্তা হাৎতোকপীবা
মসিবু মিওইবগী তংঙাইফদবা
ফংফম থোকবা ফংলবরা
মীওই মশেল হাৎতোক্লবনা
ওইরোই শান্তী।



## ঈখেংলক্তা কংলৈপাক

নুংশিবগী মরুপ কনানো
কদায়দনো চান্নবগী মফম
কদোমদনো থাৱাইগী পোথাফম
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।
অচুম্বগী ময়াই য়াউদ্রবা
অশেংবগী মমি শামখ্রবা
ওৎলরি থৱাইনা থৱাইশিংবু
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।
নুংশি খঙবগী পাওথোংদা
কৌরি নুংশি চান্ননা
লাক্লারোইদবা অমুক হন্না
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।
নুংশিবগী লেংদবা শকতম
ফংলমলবদী মলেম ফমপাক্তা
চুরমগদ্রা ঈগী নোং
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।
ঈগী ৱাহনথোক লৈত্রবা
থৱাইগী মমল য়াউদ্রবা
সিনা সিনা হিংনরি
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।
ইখৌ লাংবা থৱাইনা
ইখেং ফিজোল সেৎতুনা
ইখেংলৌখোং তোৎনরি
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।

শিংথলক্লনী ঈগী নোংলৈ
য়াইমুন্নরনী চাইনা পুংসিদা
অশিবা থরাইনা চাক্তরীবা
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।

শিঙ্গরকলবদি পীরাং নুংগী থম্মোয়দগী
হৌগৎলক্কনী অশিবা থরাইনা
অশি লমদমগী
ঈখেংগী কংলৈপাক অসিদা।

মতমগী নোংলৈ অয়াংবা
পুখরো তমথিবা শকতমশিং
ওইহৌরসনু ইনুংথাগীফম্নাক
তাইবং থরাইগী পোথাফম।



# হে ইমা মণিপুর

ফুরুপ্ কয়াবু নাউকোল্লীবী
তোঙানবা কয়াগী মমানী হে মণিপুর নঙদি
ইংনা তপনা ভারতকী চিদায়দা ঙাল্লিবী
নঙগী নগুনবু মীপুন্না শক শোন্নরিবী
হে ইমা মৈতৈ পোকপী
নঙনা ইংতপ্পী ওইরীদো
নচা ময়াম অমা পোকপীনীদো
হে ইমা মৈতৈ পোকপ্পী
কংলৈপাক হায়না মিংথোল্লিদো
নঙদি থৌজাল হৈবীনীদো
নঙদি মীচং মীখাই নাইদবীনী
নঙগী নগুন শক শোনজরীদো
ইমা কংলৈপাক পুকফবী
লৈতেকো নঙগুম্বী মলেমদা
খাংবা কনবীনী নংদি
বারে ঙসিদি ইমা কংলৈপাক
মীওৎ মীনৈনা পিকথন্না লৈরে
পুন্নমক থম্মোয় নুংদা লোৎতুনা
মীলু পীরাং তৎতনা শিনথরী।
বারে ইমা কপলে খুদাং পিফম তৈরে।



## পিরাং শীঙ্গুরী ইমা

ইমা মণিপুর কোলোয় মীংথোক্লীবী
নচা মীরান য়োকচবী
ননিং তৌনা পাল্লম্বী
মীরান্না কোইখবে লমথুংনা
লুয়া পুম্বাসু মাংখরে
পুক্লীং লৈচিন থাংখরে
হিংবা ঙমলরোই খনদুনা
হিক্লা হিক্লা কপলকলে
মিৎলু পিরাং শিঙ্গুরে
লৈঙাক চৈদি মীরান পাই
লৈঙাক লোন্না মাগী ৱাইরুই
পালেম ইমাগী খোংথাংফম
লৈতরেদো ঙসিদি
লাইনিং লাইশোন মীগী ৱাইরু
অৱাইবা মক্তাওইরেদো
ঐখোয়গী লাইনিং লৈতরে
ঐগী লাইশোন থিদরে
ঐগী লাইপাও নিংশিংদ্রে
ইমাবু ইরোন্না কৌরসি
ইমাগী খোনথোক শিজিন্নসি ।



## মী হাৎপশিং

হাৎনিলবদী
হেক্তা হাৎপা
কাপনীংলবদি
হেক্তা কাপ্পা
থিংবীনবা কনা
লৈত্রা কংলৈপাক
মণিপুর ইমা
থিখ্রেদকো নচাগী লাইবক
ইমুংদগী মপানথোক্লীংদ্রে
য়ুমদা লৈবসু কিজরে
নুং অনিগী মরক্তা
ওল্লে হা হায়বদো
চেনখ্রে মমৈ থাংগৎতুনা
বাজারগী সনবী শানাও
চেনখ্রে লোৎখরে
মথৰাই শিনিংদদুনা
ইমা নংগী নচাশিং
কোইসিনখ্রে লান্মীনা
মীহাৎপা শহিংচবা
শিংনা চাইখাইখ্রে
মীওইবসু হাৎকদৌবা
চাগদৌবানা পিকথল্লে
হিংবগী হকসু মৎপিরে
খোংগাওনরে, নুপী শিগী ইজৎসু

ফুরিয়ে চৌরিয়ে
অহিং নুংথিল অনিমক্তা
অঙাং অঙাংবা চাওবকাল
অচুম্বা শক্লরে
তমথিরবা এক্ত কয়া
খুৎলাই ওইনা সিজিনরে
ইরমদমগী শক্তি পুম্নমক
ওইরে ঙসিদি মীহাৎপুং
হে ইমা মণিপুর
নঙবু কপলিব্রা
ইমাগী তেংথাখোল
নিল্লে ঙসি ইরমদম।



## করি লমদা লৈদগে ইমাগী ইবুংঙো তোলেন

কদায়দানোনে ইমাগী ইবুংঙো তোলেন
লমদম কৈদনোনে ইচানা চৎলিবদো
মফম কদায়দা নোনে ইচানা লৈরিবদো
লোইদাম লোইদাম থাবুম থাবুম কয়া কয়া হৌখরে
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।
মফম মফম চৎতুনা থিজৈ ইচাবু
ফংবা লৈতে মফম খুদিং
হৌখরে অসুম থির থিরগা
ইচাদি সরেপ কাংদোং ফারমললনি
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।
হৌখরে বসন্তা কয়া কয়াসু
লোইখরে শরৎ ঋতু কয়া কয়াসু
লাকপালৈতে ইমাগী নাক্তা নোংমতসু
মাংলানদা ওইনা লাক্লম্বাদো ইচানা
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।
ইচাগী চেংলৌনা হেনবনীদো ইচাশিংদগী
ইচাগী মীনোক ফাজবনিদো ইচা পুম্বদগী
পারি ৱাঙাং ফাজবা তৎতনা নিংশিংই
কাওবা ঙমদে ইচাবু ইমাগী তোলেন নুংশিবা
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।
ইচাগী লকতমদো মীকুপ খুদিংমক্তা
তুম্বা চাবা খুদিংমক্তা চৎথোক চশিন মতমদা
মীকুপ খুদিং নীংশিংই পুংজখুদিং কাউঙমদে
ইমাগী মীৎতা শংসংনা উদুনতা লৈ।
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।

কালেন থানা লাক্লাবদা শারবা নুংশা
মরক্তা খাঙবা ঙমলমগদ্র খনবদা ইচানা
থম্মোয় কায়গদৌই ইমাগী থম্মোয়
ব্লারেদকো ইমাগী ইবুংঙো তোলেন
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।
নিংথম ঋতু লাক্লবদা ইচাদো
ইংলমগনী খনবদা মীপাইরে ইমাদি
করম্না লৈরমগনি ইচাদো
অদুতবু খনবদা ব্লারে ইমাদি
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা।
খাঙলিদো ইমাগী ইবুংঙো
মীকপপু থোকক্লবদি অহিংচুপ্পা
তুমবদা য়ারোই হায় তুমহনদরে নিদ্রনা
ইচাগী শকতমদো উদুনতা লৈরেনে
ইমাগী ইবুংঙো তোলেন।



## নুংশিবী ইমা মণিপুর

চহি মীলিয়ন কয়াগী মমাংদগী
মালেম নীকলকপদগী
মৈগী চীংগী মৈশাদা
কামথোরক্লি থম্বাল ১০৮ গী মওংদা
চোংথোরকি ইমা মণিপুর
চিংলোন মপলনা কোইশিল্লগা
নুংশিবী ইমা মণিপুর। ।
ঙসি সাইন্সনা তাকলি
ইমা মণিপুর পুন্নমক্তগী
অহানবনি মালেমদা
কাছারদগী মণিপুরদা
চিংলোন মাপলনা
কোইসন্দুনা লৈরি
লৈপাক কয়াগী মমি তদ্রিঙৈদগী
ইমা লৈবাক মণিপুর শাফোংলকই
উকু শেৎপ্লা ইপা ইপুনা
চহিলিশিং অনির্গী মথক্তা
লাকপনি শিবিলাইজেসনদি
অৱাৎপা লৈতে হীরম পুম্বদা
সলাই তরেৎনা লাইবুং ৩৬০ দা
চহিগী ওইনা জগোই ঈশৈ, থাং-তা
শান্ন-খোৎনবা হৌখিদো
হে ইমা নুংশিবী মণিপুর। ।

পারসিয়াদা কাংবগী মচা ইরেম্বনা
চৎথিবা মফম অদুদা খ্বাইদগী মীশিং য়ামি।
খুন্দাদুনা লৈরুবদু কৌই তিল্লি পশা
হৌজিক্কা পারসিয়া কৌখ্রেদো
ইউরোপতা তীল্লমলবাদি ওইগনি স্বগ ইমাদি
ইমা লৈবাক্তি উত্তা তুরে. তীল্লুবদগী এশিয়াদা
নুংশিদা ইমা মণিপুর
নওঙম্বী লৈতে মালেমসিদা



## পোক্লফম লমদম ঙমখৈগীদমক্তা

হে অথৌবশিং
জুন ১৮ গী অথৌবশিং
মৈতৈ লৈমগী মপারী
থরাই য়াউদ্রবা হকচাং পোলাংনা
অরোইবা য়াহিপ তানখ্রবদা
শক্লাইরবা কেক্রুপাংতা লৈরীদো
শিবা নাইদ্রবা থরাইশিংদি
নারৈবাক্কী ঙমখৈগীদমক্তা .
য়েক্লবগী নোংমৈ গুলিরক্তা
জাতিগী থৌনা উৎখিবা
অঙাংবা ঈখেংদা য়াহিপখিবা
নখোয়দি মৈতৈ লৈমাগী
অশেংবা মপারিনীদো
নখোয়দগী শিনথরকপা
অঙাংবা ঈখেংতনা
মাংবা লৈররোইদো
অশেংবা ইমাগী ঙমখৈ
মণিপুর ইমাগী ঙমখে
অথৌবশিংনা থরাই কৎথোকপা
ইমা লৈবাক্কীদমক্তা
নিংতম ফিরান থেৎপাঙম্নবা
হে অথৌবশিং লৈহৌরগনীদো
নখোয়গী শিবা নাইদ্রবা মিংচৎ।

❖❖❖

## হে থৌনা ফবাশা

হে থৌনা ফবাশা
চেকসল্লু চেকসল্লু
নরৈবাক নরমদমগীদমক
ঈখেং মরক্ত চেল্লু চেল্লু
নখুৎতা খুৎলাই পাইদুনা
নমিৎ ননা শিংউকো
নমা লৈবাক্কীদমক্তা
মালান তাংদনা হিংলম্বনি
মতম কয়াগী মমাংদগী
নিংশিংউ নুংশিংউ
চোল্লু ঈখেংলক্তা
থেৎলসি নুংতম ফিরান
লমন শিংলসি কো
মৈতৈ লৈমা ইমাগীদমক।



# খুরুমজরী হে প্রভু

খুরুমজরী হে প্রভু
নিজগে অসিদং ইবুংঙো নংঙোন্দা
ফুকতোকপীয়ু ইবুংঙো
ঐগী থম্মোয়গী সোল্লবা ৱাখল।

পিনবীয়ুনে প্রভু
থৌনাদো ঐঙোন্দা
লাইনা খঙবা ঙম্বা
অৱা নুংঙাই অনিদা পুন্সিগী।

পিনবীয়ুনে হে প্রভু
ঐগী নুংশিবা মহৈ য়ানবা
ঙমজবা ইবুঙো নংগী
অরোইবা নাইদবা সেবাদা।

পীনবীয় ঐঙোন্দা থৌনদো
ৱাংখৎনা লৈবা ঙমজবা
ঐগী পুক্নীংনা মীওইবগী
থৌদোক ৱাথোক কয়াদা

পীনবীয়ুনে ইবুংঙো নংগী
থৌজাল লৈজবা পুম্বা
কৎথোকচবা নংগী নফমদা
খুরুমজরী হে প্রভু তোল্ল ননাইনা।



# খঙনা খঙনা সোইদ্রেদো ঙসিদি

খঙনা খঙনা সোইদ্রেদো ঙসিদি
ঙসি মাংবা তারেদো স্নালৈবাক
লৈররোই লৈররোই ঙসি লৈররোইদো
সোইদ্রেদো মাংলনিদো
ইমা লৈবাক মৈতৈ লৈমা নুংশিবী
অচুম্বাসু লৈররোই ইমালৈবাক
ও মাংখিবা তারেদো ইমালৈবাক
মাংখিবা তারেদো প্রকৃতিগী ফজবা
মহৌশাগী ফজবা লৌবুক লমহাং
চিংমাং লোইরনিদো মণিপুর
কদাই অচুম্বা কাদায় নুংশিবা
মীনুংশি লৈত্রবা লৈবাক করম্না
খাংগনী ইমান।
লৈতরে ধর্ম্ম কাওখরে কাওখরে
ধর্ম্ম লৈতরে শক্তি ৱারে ইমা
মীয়াৎশং ওইরবা মণিপুর
অচুম্বা অশেংবা ঈশ্বরনা পিরম্বা
লোইনা মাংখরে খাংউখক্তা
লৈররোইদো ইমাগী শক্তম
খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল পুমকায় কায়
নোংমৈ মখোলনা পুমনিল নিল
মফম মফম বোম পোখায়
খংহৌদে মীশি মীনা কয়া
খংহৌদে মীশি মীনা থোকই
অমবু অমনা য়েংনদে মীশি মীনা থোকই
মরন্নাই মরান্নাই তানৈ
জাতিগী যুম্বীরেল মাংই
থৱাই য়াউদ্রে নোংমা নোংমগী।

ভারতপু বৃটিশকী
মখুৎতাগী
কোকহনখিবা মিনাই
য়োৎহিং হে অথৌবা
নেটাজি থৌদাংচাওবা।
নহাক্কী খোলাও
ভারতপু নুংশিবা
ইরৈবাক নিংবগী খোল্লাওনি।
থবক পাংথোকপা
নত্রগা থরাই থাদোকপা
নহাক্কী নুংশিরবা
খোল্লাও কাওঙ মদে
হে অথৌবা
মরৈবাক নিংবা,
মমিং পনবা য়াই
অথৌবা নংগী
নিংতম বৃগেদ
গন্ধি বৃগেদ,
নেহরু বৃগেদ
অজাদ বৃগেদ
সুভাশ বৃগেদ
ঝানশি রানী বৃগেদ
মশিং থীঙমদ্রবা
বৃগেদ কাওবা
ঙমদে নংগী
থৌনা, পৃথীনা
লৈরীবমখৈ
শিবা নাইররোই
হে নেতাজি



## বীচার লৈত্রবা লৈবাক কংলৈপাক

পাবা ৱারে মণিপুর খবর
শিরে হায়বা নৎত্তনা য়াদ্রে
মসিবু তারমদাইরা লৈখা
চাওখৎলক্লমদাইগী অয়ুকনী
কংলা বিচার কান্না তৌবীনী
ৱায়েল থৌরী লৈতরে মণিপুর
চহি তরেৎ খুন্তাকপা শোইদ্রবরা
মাংলে ঙসি মণিপুর
মাইকৈ খঙদে নোংঙানবা ঙাইঙমদে
মী অমা মাথৱাই হেক্তা য়াউরমদে
মৈতৈফুরুপ মশিং নোপথরে
তাশিল্লকলে নোংমা নোংমগী ময়েং
ওইগনি হায়বা নিংলক্তরে অফবা
মিৎলু পিরাং শিঙ্খরে
থক থক নিকলে ইমাগী হকচাং
নুংশিদবদি ঙমদেদো মচাশিংবু
ঙমজদে চৈবসু মচাশিংবু
কপলিদো মচাশিংগীদমক
সোরোক লমজাওদা চৎপকিরে
ইমা ইবেলশিং ঙসি
অরানবা ঙাইহাক্তা ওইরবরা মীপুম খুদিং
চাওখৎলাবা লৈবাক শিংগী
মমাংদা ইকাইজৈদা ঐখোয়
মণিপুর মীশিং হঙ্খরে
ঙানা ৱাঙাংবদা পল্লে ঈশিংনা

প্রাজা পুম্বা কপলে
চাওখৎলকপরা নত্রগা মুৎলমদাইরা
মাংহনগুসি ইমা লৈবাক  তাহনগুমসি ধর্ম্ম লৈখা
সাইন্সকা ধর্ম্মগা খুৎশন্ননা
চৎমিন্নসি হে লৈবাক মচাশা
পামদে ঐখোয় শিবা ঙসি
সেম্বা পাম্মী মৈতৈ লৈবাক
পাম্মী ঐখোয় হিংবা ইমালৈবাক্কীদমক
ইচাশিংগী য়াইফনবা চৎহননিংদ্রে
সোরোক লমজাওদা
থমনিংদ্রে ইনাক্তা লেংদনা ঙাওরে ৱাখল ইমাদি
বাশিল্লকলে জাতিগী য়ুমবীরেল
কনাগী মমানা খাঙদুনা লৈবা ঙমগনী
মাংহনবীগনু কো হে জগৎকি মপু
খুরুমজরী নখোং থম্বাল শোকনা
কিরে ঙসি ইবা কবিতা ফাওবা
মাংখরে শন্তি মৈতৈলৈমা নুংশিবী
মাংখরে Human Right
Revolution গী ইহৌশিংবু
হাৎলো হায়বা লৈতে অইন
অদুবু হেক্তো হাৎতোকই লাইরিক ফাজনা
পারবদি খঙগনিদো অইদো।
অইন লাকত্রবা মণিপুর
লাইরিক ময়াম অমা পারবদি খঙগনিদো।



## মীওৎমিনৈ মরক্তা থৱাইগা হকচাংগা তোঙাল তোঙাল তাহনবিখিবা

ঈখেংলক্তা তাদূনা লৈরেদো মোনোবামা,
মীনুংশি খংদ্রবা আসাম রাইফলনা
হে লানজদবী অশেংবা মৈতৈ চনু।

চৎখ্রেদো অহনজাওবী মীনুংশি
য়াউদ্রবা মীয়ামচাগী চৈথেংলক্তা
নৈহৎপিখিদো অশেংবা তরুবা হকচাং।

কংলৈপাক্কী থৌনফবী মমোমলোই
তমফাস্না জুন ১৮ দা ঙমখৈ কন্নবা
লৈমাইদা ঈখেংলক্তা তাখিদো।

ময়াং লান্মিনা থৱাই মীরেন
মাংহন্নখিবা পাম্মুইদকো বিনো,
নৈহৎপিখিদো তনৌরবা হকচাং।

পাম্মুইকো কংলৈ চনু থম্বালস্না,
ভারত লান্মীগী লাংদা থুখিবা,
মীওৎ মীনৈ মরক্তা নৈহৎপিখিবা।

চৎখ্রেদো নঙদি পৃয়রী মৈতৈ চনু
ভারত লান্মীগী মীওৎ মীনৈরক্তা
অমুক হল্লকখোকো ইরমদমসিদা।

মীওৎ মীনৈরক্তা হকচাং পোলাং থদোক্তুনা
চৎখ্রেদো থবাই অশেংবা জিরি শঙ্গিতা,
করম্না খাঙবা ঙমগনি ঐখোয়না।

মীওৎ মীনৈ মরক্তা বানা থবাই থাখিবী
মনিশং অমুক হল্লকখোকো,
নরমদম পোক্লফম লমদমসিদা।

নরৈবাক্কীদমক্তা থবাইনা পোম্থ ওইখিবী
বীমোলা থম্মোয় শেংজবী মৈতৈ চনু,
নথা নুংগী নচাগা শেৎনা খাইনখিদো।

চিংঙামখাগী ইবেথোই মৈতৈ চনু,
ময়াং লাম্মীগী মীওৎ মীনৈ মরক্তা,
চৎখ্রেদো মরুপ মপাং ইঙ্গোক্লমদুনা।

১৯৮২ মীয়াংচানা থবাই লৌবীখিবা
হে তোম্বী চনু মৈতৈ চনু অশেংবী
ওৎপিরে নৈবীরে মীতোপনা।

অসালতা চাক্লাম খোংচৎতা
হাৎপিখিবা বোমতোপনা,
পাম্মুইদকো হে অথৌবী মৈতৈ চনু।

প্রমোদিনী মৈতৈ চনু অশেংবী,
মীয়ামগী চাক্লা বাকৎ চৎপদা
থবাই মীরেন মাংহনবীখি অঙম্বশিংনা।

সি আর পিগী মীওং মীনৈরক্তা
থবাই হকচাংদগী ঈখেঙ তখিবা,
হে প্রমো — নংদি অথৌবীনী ইমা লৈবাক্কী।

উখ্রুলগী ভেলিরোজ চংখ্রেদো তাইবংপাল থাদোক্তুনা
লৈখ্রেদো ঈশ্বরগী নাক্তা মহাক্কী অমোৎপা য়াউদ্রবা পুন্সিনা
নহাক্কীদমক্তা য়াইফনবা খুরুমলি ঈশ্বরবু মীয়াম্না।

চংখ্রেদো প্রভাহিনি মথানুংগী মচা হুন্দোকলমদুনা
ঈখেংনা পুংচাই চাইনা লৈমাইথক্তা তাখিদো
নরাল লৈজদ্রবী নঙগীদমক্তা তেংথারীদো মীয়াম্না।



## কমরেদ ইরাবত

লৈগী দোলাই তুংদুনা
চংখ্রবা হে কমরেদ ইরাবত
য়েংলকউ অরাপ্পা স্বর্গদগী
নরোই ননাও কয়ানা
নংগী নিংশিং নুমিৎতা,
পিরাংগী নোংচুথরী।
য়াইবী থরাই নুংশিবী
কেগে খড়ি লাবুক্তা
চারা নাম্মাতা চাদুনা
হুমাংতনা কিদনা
য়োংলৈগী জগোয় শখিবা
ইমাই থৌগল তৌখিবা
মানা ফৌওইবী ইমাগী।
নংগী লোইনাইদ্রবা খোর্জেনা
লৈনম চুরবা লৈরাংনা
মালংনা পাওজেল য়েনবগুম
শিরুম নারুম খুনাইদা
শিদা পাওজেল চেবীরম্বা
শকচরী ইজাতী নচাশিংনা
নংগী নিংশিং নুমিৎতো।



## শেল

হায শেল শেল শেল
শেলনা ঙমদবা লৈতে
শেলনা মীনোকহল্লি
শেলবু লুনা তৌজেদো
শেলনা ফম কাহল্লি
শেলনা ত্রান্সফব চংহনদে
শেলনা চীংদা কাহল্লি
শেলনা তমদা লাকহল্লি
শেলনা লাইববগী চবৈদা
শেলনা ইনাক খুনবগী উপুদা
লৈনিংবা মতমদা লৈবনি
শেলনা ইজৎপুদি লৈবা ঙমদে
মিংচৎসু মাইথিবা পিঙমদে ।



## ঐখোয় মশেল হাৎনগুমশি

ঐখোয় মশেল হাৎন-শুনরগা
শিবা নৎতনা করি ওইনী
কনা কনানো কাংলুপ মশেল
ঐসু মীনী নংসু মীনী
অনি খৎনরবদি অমনা ঙমনি।
হনবা লৈতনা খৎনরগা
পোলোইদা করি ওইনী মীওইবা
হিংবগী মমি শান্বা নৎতনা
খৎনগুমসি উংখৎনগুমসি
পানমিন্নসি তাইবংদা
হিংমিন্নসি ঐখোয় পুন্বা।
কুকি নাগা চীংমী তম্মী
ইমা অমতগী মচানি ঐখোয়
নোক্লা নোক্লা হরাওনা
লৈমিন্নসি মালেমসিদা।
অচুম্বা লম্বীদা শান্তিগী লমথুংদা
য়েৎকা ওইগা খুৎশম্ননা চৎমিন্নসি
হন্থবা নৎতে তাথবা নৎতে
পৃথ্বীগী লৈমাইদা চাওখৎপা তানবদা।
কল্লক য়েংথী হাৎন শুনবা
ইখুৎনা শেমগুমসি ইশাগী মোংফম
শেমলসি অনৌবা লম্বী
হিংমিন্নসি ঐখোয় পুন্না।



## অথৌবশিং

যাবেকলম্মু অহিং অমতং
চংলকউ ঐগী থোংগান্দা
শেম্বাগে নৈগী শৈন্য
হে নহাবোল অথৌবশা।

কনাগীনো নখোযনা চৎলিবা
অমম্বা অহিংগী নোংথাক্লক্তা
নোংজ্রু নুংশা থাক্তনা
চাবা ভুম্বা লৈতনা।

ঐনা নুংঙ'ইবা যুমদানি
নখোযনা অহাংবা চীংনি দনি
তেবাগী মোমপাক্ত নংগে
[illegible]ক্লীবা অশংবা উখাদা




চেক্লানা নংগী মরুপগী
অহিংগী লিক্লনা কপ্লিদো
নাতৌ অদুবু উবদা
অযুকী নৈবাং শিংগবৈনা
কে ল্লেদো নখোযগী নতৌ উবদা।





# BIO-DATA

Smt Sagolsem Taruni Devi is the eldest among seven offsprings of Indramani born on the 9th January, 1934

| | |
|---|---|
| 1 Name | Smt Sagolsem Taruni Devi |
| 2 Date of Birth | 9th January 1934 |
| 3 Place of Birth | Thangmeiband Sinam Leikai, Imphal, Manipur |
| 4 Present & Permanent add | Sagolband Mabudhou Mantri Leikai, Imphal |
| 5 Parent's Name | Sagolsem Indramani Singh and Karam (Ningol) Gambhini Devi |
| 6 Religion & Caste | Hindu, General |
| 7 No of offsprings | Six (three girls and three boys) |
| 8 Occupation | Formerly teaching as an Assistant Teacher in Khoyakhong High School Govt of Manipur |

**Honorary Posts Held :**

| | |
|---|---|
| 1. Member | Manipur Veteran Athletic Assn (Regd Body) 1982 - 1986 |
| 2 Executive Member | The All Manipur Veteran Athletes Welfare Assn (Regd body) 1987 - 1994 |
| 3. Founder member & Treasurer | The Sagolband Mantri Leikai Women's Development Assn (Regd body) 1985 - till date |
| 4 Founder member & Secretary | Sagolband Nupi Marup (Regd Body) 1992 - till date |
| 5 Member | National Spiritual Assembly of the Bahai's of India, Manipur Branch (Regd Body) 1993 - till date |
| 6. Founder member & President | All Manipur Veterans Sports Cultural Organisation (Regd body) 1994 - till date. |
| | Generalist & regular writer on different topic in Manipuri local paper health and education development programme |